ঈশিংথোং, পুম্নমক্না সমুদ্রদা,
পোংথানবা চেনশি-বগুম
নৈহুৎপিরবা মীয়াম পুম্নমক—
অ্ওনবা ঈহৌহুদা চেনশিল্লি ॥

*    *    *

য়াংনা চেনশিল্লক্লিবা মতমশিং,
অমদি—
হোংবা নায়বা ফিবমশিং অসিনা
নোংমা-নোংমগী—
অওনবা লাক্লি।
অ:চৎপা য়ুমফম অম! য়াওত্রবদি
দলান অচু মতম কুইনা চংলোই।

*    *    *

"মমা যা মপারী মমোম
কয়াবু য়েংলহনা
পোংফমথক্তা লেপলি ॥
অহিংবা হকচাংনা অসিবগুম
পোক-থুং পুনশিন্দুনা
হৌংলি—"

—অই।

★ ফংফম থোকপা হুদিংমক অইবগীনি।

★ কোপী মশিং — ১০০০

★ অহানবা থুংনম - ১৯৮১ — ৮৩

★ নমফম — কংলৈমা প্রেশ

★ মথুম য়েকপা:— গুনিন সিংহ

(খুরাই কোংপাল)

★ ব্লাক শাব:— মঙ্গী এলাং লৈকাই

★ লাইরিক ফংফম: -

অইবা মশাদগী অমস্রুং ইম্ফালগী

লাইরিক য়োনফমশিং।

মমল: —

লু: ৭.০০

# কচ্চবা

জাতিগীদমক থৱাইনা পোন্থ ওইতুনা নোঙ্গাখ্রবা,
লাইওইরবা অহল, ইবুধৌশিং, মরুপশিং,
থোনা ফনা মীয়ামগীদমক অৱা কোকথোংনৱিবশিং.
নৈহৎপিরবা চোকথরবা ইজাতি মীয়ামদা কচ্চরি।

অইবা:—

পাওনম লবঙ্গো মৈতৈ

# ৱাহৈ খরদং

ভক খুদিং অইবগীনি, ইৱিবা ৱাহৈ বা তা খুদিং লায় উবা ভারবদি অওনবা পাম্বা, মান্নবা খুনাইগী খোল্লাও লাও-ৱিবশিংবু হায়া মাইয়োক্লবীখো !!

Revolution অমা পুরকপা হায়বসি সমাজদা ওৎপি নৈবিরীবা কাংলুপ অহুনা লিৱবা চৎনবী অহুদা হিংবা ভমজ্রহুনা অনৌবা অওনবা অমা পাংলকপা অহুতনা মপুং ফারোই। ওৎলিবা কাংলুপ অহুনা মখোয়গী পুন্সিদা সমাজ অহু সুমহুনা চাবা ভম্লক্লুবা অমসুং ওৎপী নৈবীরিবা কাংলুপকী ঈহো অহু নমথবা ভমলক্লুবা মতমহুদা মাই পাকপগী তাঞ্জা লৈরি। লোয়-ননা Revolution অহুসু পাক শন্না জাতিগী ওইবা তাই। লৌমী শিনমীশিংনা Revolution গী মরুওইবশিংহু খংবা তায়, মখোয়শিং অহুনা হিরম অসিদা ৎৱায় কৎনবা শেম শাহনগনি।

শাসন পায়রিবা কাংলুপ অহুনা Crisis থোক্লক্লুনা. শোন্থরক্লুবা কাংলুপ ফাওবা রাজনিতিগী মাইকৈদা চংশিল্লক্লুনা নরকার অহু মপুং ফাত্রবা মতমহুদা Revolutionary না re-volution অহু মায় পাক্ল চংশিল্লকনি !!

Revolution অম' মাম পাকপা অমসুং পাক্লবা হায়বা অহুদি মমাংগী পুৱারীন, শাখিমী।া মালেমগী Revolution খুদিং ভসি মাইপাকখিদবা য়াওখিত্রি। Revolution খুদিং Dilecties ওইবতা নত্তনা Scientific Revolution ওইগনি। সমাজগী Revolution অমা পুরকপদা Objective factors মরু ওইগনি। মখোয়শিংবু লমজিংবিনবা Subjective fa-ctors সু চংদবা য়াদে।

Peoples না মরুওইনা নহারোলশিংনা পেম্নত্রিবা অসিগী মপুং ওইবা মরুদি শেল-থুমগী ফিবমদা লৈবাক্লী ফিবম শোক-চিন্নকপা অসিনি। শেল থুমগী ফিবম ফৎলক্লবা অসিবু eco/

nomic policy না কোকহৎবা হোৎনবা ঙমলক্ত্রবদা poli-tical, Culture গী ওইবা মওংদা movement হৌরকপা অমসুং Revolution থোক্লকপা ঙকনিংঙাই ওইদে History না শাখিনি। নৈহৎপিরবা মালেমগী মফম খুত্রংদা লৈরীবা অপিকপা নমথবিরবা শোৎথহৌরবা জাতি খুদিংমক্কী তুংগী থনবা নহারোলসিংনা থম্মোই শোক্ল লাং তক্লনা হংনরীবদি "ঐখোই করম্না হিংগনি"। মসি চাউৎনিংবা মা.বা চাকথুং ফিথুগী মাম্নবা খুম্নাইগী শরুক্তা য়াওনংবা শোৎথহৌরিবা নিংতম্বা পাম্বা পৃথিবীগী থোল্লাওনি। জাতি অমাগা মপুংদ; জাতি অতুগী মরক্তা হিংলিবা মীওই, মসিং য়ামদবা থরতনা মীয়ামগী হিং-নবগী চুপলি পাইতুনা নিংতম্ববু মাংহল্লি। অৱ অনা নংলবা জাতি নিংতম্বগী মহাও ফংদবা মীয়াম্বু মীওই থরতগী সুপনম সাসন মপানগী জাতি অমগী সুপনম সাসন তৌরিবসিংগা মান্ন-তুনা মীয়ামগী নিংতম্ববগী হিংনবগী লম্বী নমথতুনা, মাংহনলি-বশিংগী মীওং মীনৈ ঙরবদা থাংবদা বারবা (Prolitariat) মীয়াম্না নিংতম্বগী হিংনবগী লম্বী থিবা হৌরকই Revolution তৌরকই! নিংতম্বা হায়বসি পৃথিবীদা পোকলকপা মীওইশিংদা পিথোরক্কলবনি। জাতি অমগী মথক্তা লোইলম সাসন তৌবা সরকার Imperialist Govt. শিংনা কান্নব ওইজবতা য়েং-তুনা জাতি অতুগী নিংতম্ব নমথনবগী থৌরাং নমথখিবা His-tory কয়াদা তোইনা থেংনৈ! History না শাখিনি। মশাগী ওইজবদা থিবদা ঙাওরবা কাংবু oppourtunists না; অচুম্বতা থনজবা, চৎচবা মীয়ামগী ওইবা কাংবুবু লাকথুনবা হোৎনবনা মখোইগী বাখলনি। মীয়ামগী য়েক্লবা ঈচুপ্পসিং, খুরক্কী ঈনা য়েক্লবসিং (class enemy মীয় মদা ওনশিনতুনা ঈচুপ্পসিংবু তুম্না মাংহম্বতনা ম লেমসিদা লৈরীবা জাতি খুদিংমক্কী শক্কী। মীয়ামগী নিংতম্বব খুৎসু খুৎলাইনা নমশারী অচুম্বা

পামজবা কয়াবু ফুদেকই অমসুং হাংতোকলি মশা মশাগী মরাল ফোংদোকচবা ওমদ্রিবা মথোইবু মাল্লবা খুন্নাই পামজবা কাংলুপনা চুমথোকপা তঙাই ফত্রবনি। ইশা ইশাগী মাংখ্রবা নিংতম্বা হনজিনবা, মান্নবা চাকথুংদা পুন্না লৈমিন্নবা তঙাই ফত্রে। নোংমৈ কাপ্পা মথোল থোকপা ভাকুনা অওনবা Revolution নং-তে। Mao-Se Dung না লৈঙাকলোনগী নিংতম্ব হায়বসি নোংমৈ চিনদোনদগী থোরককদবনী হাইবহু ত.শংনী চুম্নগনি, চুমলবসু Evo-lution তৌদুনা মান্নবা খুন্নাই পুরকপা য়াদবা নংতে। পৃথিবীগী Revolution খুদংদা থুংলাই পাইবা নংত্রিবমথৈ য়েকনবা সিংনা মরাই লুকতে হায়বসি চাউরব খুদম History না শাথিনি।

ঐগী পিকলবা কোক অসিনা খুরবা কা অমথককী মমুংদা অয়ো চৈনা, অফা অপুনা; কয়াগা চেকপননুংতুগী মীকপ মীরা-ওথোল মমুংদা উপাই লৈত্রবা পোন্নুংগী চেক্লাওম পংথোংদা থোংখৈবা অপংবা ঐগী চোইরোম্নী. ভারতকী চিদাইদা কংলৈ-পাক্কী ঈরিক পরেং ঈচেলগী শকলোন অমদি ইশাগী পেন্দবা কয়া উংপনা লাইরিক অসিগী পান্দমনি॥

# মিংয়েং অমত্তং

পাওনম লবঙ্গো মৈতৈগী "ভারতকী চিদাইদা কংলৈপাক্কী ঈরিক পরেং" হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অসি খুৎই ওইনা লৈরিডো মকোক্কগী লোইবা ফাওবা নিংথিনা পারে। শৈরেংশিং অসি হেক শকখংনরুবমক্তা খঙ্খোয়নুংদা; হায়ফম তৌফম খংদ্রবা নৈহংপিরবা খরায় অমগী তেংথাখোল মরক্তা অনৌবা থৌনাগী মঙাল অমগা লেপ্পননা মরিবাক নুংশিবগী ঈহৌ অমা হৌরিবত্নু ভপা ভপা ফাওরকই।

ইরৈবাক ইজাতিগী কাওথুবা পুক্কৈলনগৈ অমসুং ইপা-ইপুশিংগী মমল য়ায়বা পাওতাক কয়াবু ঈথৌ লাংলকপগী মমিস্তু, শৈরেং খরদা লৈচিন নোংফাই মরক্ত উবগুম মমি-শানি উদবা নত্তে। পুন্সিগী চমন্নবা রাহং কয়া হংজরবস্তু, অইবনা পাল্লিবদি মীচং-মীথায় নাইদবা, নিং-খা তয়া চাবা থকপা ফংজবা ইশাবু ইনিং থৌনা শাংজবা ডমজবা মপুং ফাবা সমাজ অমা শেমবনি।

অইবগী অহানবা খুদোল ওইবনা, ফোংদোক্লিংবা কয়া ফোংদোকপা ডম্নবা হোৎনবদা, খোলহেক থোন্দা খরদ নিংবা থুংদবগী মফম লৈজরবস্তু ইজাতি সাহিত্য সেবাগীদমক থৌনা ফনা চোংথোরকপসিমক নুংঙাইবগা লোইননা থাগৎতনা লৈথোক-পা ডমদে। শৈরেংগী লাইরিক অসিনা মৈতৈ সহিত্যগী লৈচন অমা ওইবতা নত্তনা কংলৈপাক্কী ইচিন-ইনাওশিংদা অনৌবা মঙাল অমা পিরগনি থাজৈ।

অইবনা মতম কুইনা পুন্সিহনা অতোপ্পা অনৌবা খুদোল কয়া তম্নকথিগনি হায়বগী অকনবা থাজবা থমলি।

শ্রী, এ, প্রেমচান্দ সিংহ
এম, এ, সহিত্য সুধাকর
মনিপুরী লোন অমসুং সহিত্য বীভাগ
ইম্ফাল কলেজ, ইম্ফাল

তাং ১৫/১০/'৮২ ইং

## ৱাহৈ অম-অনিদং —

পাওনমচা লবঙ্গী অসি মশানা শম্ম খোংনবদা মণ্ড-ৱায় য়াম্না য়াওরকই অমস্তুং National গী শাম্নবোট অমস্তু ওইরকই ।। অদুগা নত্তনা মহাক অসি কলৈপাক্কা লৈখা ভাখিবা অসিগী মরমদা করম্না কনগদগে হায়বনা মহাক্কী অচৌংবা ৱাথল ওইখি ।। অসিগুম্ব কয়া অসিগী মহাক অসি India Govt. অমদি Manipur Govt. গী মাহৈয়োক্তা লললংবন হায়না চিংনবগী Oct. 1981দা Manipur Govt না ফজিনখি ।

মতুংদ মহাক জেলদা মঙম কুইনা লৈরকপদা অৱবা থাংবা ওইনা "ভারতকী চীদাইদা কংলৈপাককী ঈরিক পরেং" হায়বা শৈরেং লাইরিক মচা অমা ইরকখি । হায়রিবা লাইরিক অসিদা কংলৈচা অমদি কংলৈ চনুশিংগী মথৌনা মরৌশিং, চংনবী করম্না কনজগদগে অমদি হিংজরমবগে অমস্তু India Govt. না ঐখোয়দা য়েংলিবা মওংময়ং অসিগী মরমদা পেনদবা কয়ানি । শৈরেংশিং অসিদগী লৌথোকনীংবা, শেমদোকনীংবা অমদি হাপ-চলনীংবা কয়াস্তু য়াওখি । অদুবু অতেনবা মতমদা ফংবা মরম্না খুদোং চাদবা কয়াস্তু লেপ্রে । তৌইগুম্বস্তুং মহাককুম্বা মরৈবাকপু মুংশিজবা কয়া ভুংনস্তু খোরকপা ওইসম্ন ।

Bisheshwor Maibamcha
Union General Secy.
Huyel Lallong Manipur
Thang-Ta Cult. Asson.

# "লমন"

ভারতকী চিদাইদা কংলৈপাক্কী ঈরিক পরেং হাইরিবা কবিতা মচা অসি মীনোক চাউবা সমাজগী মমাংদা পুথোক্লবা হোৎনবদা তাংলবা মতম বয়া কাইথোকপীহুনা অরাবা শরুক য়াবিখিবা মকুপ Hemanta অমদি Padamini Chanu গা লোইননা ঐগী মুংশিজরবা ওঝা Premchand (Elective Manipuri lecturer of Imphal College) পুকচেল চাওরবা ওঝা অসিনা লৈচন শুদ্রবা লৈরাং অসিবু লৈপরেং ওইনা মীয়াম মাংদা পুথোক্লবা হোৎনবদা মতম কয়া কাইথোকপীহুনা পিরাংতনা চোংলবা য়াঙ্গংলবা ঈমাগী ভকশমদা লৈপরেং ওইনা হুকচবদি ভমজরে ।। অদুগা Kangleima Press কী পুকচেল চাউরবা Manager না অরাবা শরুক য়াবিবগা লোইননা অমদি Compositer, অমদি পুন্নমক্কী লমন কয়া অমা ঐগী তেল্লবা পুন্সি মতেক অসিগী মথক্তা চাউরবা লমন কয়া অমসু তোলসিনজরে ।।

N. B. ঐগী মুংশিজরবা ইনে পাউনম চন্দ্র মুংশিতোম্বী ফোংভমদনা লৈকরবা কবিতা অসিবু অমুক অনৌবা মঙাল অমা পিবীবগা লেইননা অচংবা শেলগী মতেং পাংবিহুনা মীয়াম মমাংদা পুথোকচবদি ভমজরে ।

ইনে অমদি অরাবা শরুক কয়া য়াবিরক্লবা থুদিংমক্কী য়াই ফনবগীদমক্তা মপু মাগী থুয়া থাদা লৈরাং কয়ানা শাক্তি ওইনহুনা অনৌবা য়াওল অমা পুরকপা ভন্নবগীদমক্তা তোল্লবা ননাইনা থৌনিজরী ।

অইবা :—
রবঙ্গ

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

কংলৈপাক্কী ইন্নিক পরেং
ম্নিংকী পী
মুংঙাইবা
অচুম্বা
চৎম্নিন্নসি
পম্মুং
ঐস্মু চৎকনি লম্বীহুদা
ঐখোয়স্মু মীওইবনি
খোমলেন মীকপ খোকলো
স্নুম চারবা জাতিগী য়ুম্বী
চৎম্নিন্নসি—
মচু ৭
তমজসমু
মৈত্রবাক
ম্নি
ভিংগো কাংগোং
ভোট
কোম মচা
অঙকপা
নিংতম পাম্বী
সিদা হিদাক
ঈ
কনাগী মরানলো
ম্বাকৎ
কংলৈ চন্নু

## কংলৈপাক্কী ঈরিক পরেং

কংলৈপাকসে মৈগী চিংগুমলে
মীয়ান কাক্লা মখেন লাংলে
হোগাইবী খোংনাং ফুল্লক্লে
থোং অছুম তিনলরে
য়োংগুবী মখোং শারে
নম্বুল তুরেল ঈচেল লেপখরে
কংলৈ পাকসে ময়া য়াওব্রবা উপালগুমদে।
লোইলম ওাকপা লাম্মীনা
নোংমৈ গুলি য়েল্লক্লে।
পোকওমদনা পোকপা মীওইপোক্লা
লেংওমদ্রবা চীংজাওগুম –
খন্থবা ওমদ্রবা মভৌদা
খোংগাওবী বোলগুম্লে।
কুহা মনুংদা লৈবা হুঙোইগুম—
চীংলোন মাপলনা কোইশিনবা;
নিংথিরবা মফমথুদা
ময়োল থোকত্রবা ফুংদ্রুম

মপৈ মপৈনা লৈঙাকপা।
হৈবোঙ মন্নুংগী তুমিৎ—
পোন্নুংদা লৈবা চেক্লানা
শেঙ্গাও পাইবগী চাকলেমদা
মমিৎ মনা থক্তুনা
মশাগী নিংতম্ববু য়োল্লিবা।
ঈরল ইথুমতনা পৈরবা
ঈমাই চোল্লবা লাইজনি
ইনিং তৌজো তম্নীরম্বা।
ইপা ইপুগী মরলনি
য়েক শলাই ৭ কা,
থৌনা ফবশিংগী—
মচানি; মশুনি।
কথোকখিবনি মরৈবাকীদমক নোক্ল নোক্ল।
নোঙাখ্রবা ইপুশিংদো ইরৈবাকী
থবা য়না পোন্থা ওইখিবনি।
চোকথবা লৈত্রবা হকচাংশিংদগী,
শিন্থরিবা ঈরিকশিংনা—
কংলৈপাকসে পুমঙাং-ঙাংলে।
থোক্লক্লিবা মৈরিনা—
নিংতম্বগী রাখলদা—
হৌরি, মাল্লবা খুন্নাইগী ঈহৌ
নিংতম্বা পাম্বা খুন্নাইগী অথৌবশিংনা
কচ্চরি ঈরিক কয়া কম্না....... ... ।
কৈথেন লাইরেম্বীগী মীচকপ-মীয়া ওখোনতনা
কংলৈপাকসে পুমনিল নিল্লক্লি।

৩

# মিৎকী পি

লেপত্রি ওসি ফাওবা
শিন্থবা মিৎকী পি –
মতমত্থ নিংশিংলগা মহেনলি
লাওখি ঐখোয়গী ইমা কয়ানা
থল্লুরগা মচা ঐখোয়গী তুংগী -
পি শিন্থবমৈখ ।

মিৎলু পুম্বা থকনাইদবা পি,
১৯৩৯গী মুপী লান
কৎথোকখি —
পাম্মু খিদে থরায়শিংদো মরৈবাক্কী ।
মাওৎ-মীনৈ খাংডমদবগী –
কংলৈপাক্কী চন্থুরা কয়া কয়া,
নম্বুল তুরেলগী অতনবা ঈচেলগুম
থক তৎনাইদে ।

মীথা পোনবা হৈরক্লবা
অয়াম খোৗরাং খংলক্লবা
মরোমদোম মপাস্থোমতনা পানজরম্বা;
মৈত্রবাক্কী চন্থুরাশিংনা
চাক তাংলবদা
লাওখিবা খোল্লাওশিংদো
'চেং পিয়ু' ! 'চাক লাম্লে' !
শিন্থখি পি! শিন্থখি !!
হাপ্লবা পুক পায়হনা ।

কৎথোকখিবা পুন্সি,
লায়র-অনং —
লৌমি শিন্নী মীয়ামগীদমক,
মহাক্না !
মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবতনা।
শিন্থরম্বা মিৎলুগী লাইজনা
কংলৈপাক্কী কংলবা লৈময়োন্দা
ওসিস্থ তুংহৌরি কংলি কংলি।
ঐস্থ শিন্থজগে পিরাং খরদং
ইরৈবাক্কীদমক
তুংগী মীয়োনগীদমক।
শিন্থরম্বা পিরাং খর খরনা,
নিংতম্বা ওমদ্রবস্থ—
পিরাংগী মপোক ওইহৌসন্থ।

ইকবাল জেল।



## নুংঙাইবা

নৈহংপিবদা খাংব ৱারবশা—
মীংকপ থোকলো !!
মলেম শিল থুংনা হৌরো
চবা ফংত্রবা বন্দিসা !
হৌগংলো মলেমগী ৱার
তোল্লবশা-- ।
শেঙ্গাও পাইবগী লৈঙাক
মীওং থিবা মিওং মিনৈ
মীহাং থিবা হিংচবা,
মীবু মীনা ওংপা,
লৌ শিনমীগী চংজফম লৈতবা
শেনজাও পাইবগী লৈঙাকসে
অনৌবা কুমওন ওনবা অমদা
মাল্লবা খুন্নাই ওনথোকসি !!
**National Democratic Revolution,**
**People Democratic Revolution**
**Socialism Democratic Revolution**
**Communism Democratic Revolution**
**Humanism.**
ঐখোই পুণ্না চংশিন্দুনা
মীওইবা কাংলুপ শেম্নসি,
মল্লবা খুন্নাই ফংগনী
খেন্নদবা মলেম শেমলসি

নং ঐ অমংতানি

থিগনি ঐদি ফংক্রি'ফাওবা,
অচুম্বা পম্বুং ফংক্রি'ফাওবা ॥

জেল খানা,
নবেম্বর ৯, '৮০ ইং

---

## চংমিন্নসি

অথৌবশা ! নখোয় চংলবরা
ঐখোয় ময়াম্বু থাদোক্লম্লগা
অথৌবা ময়ামগা লোইননা ।
কাওরবরা ? অথৌবা নখোয়বু
ঐখোয় খ্বায় ময়াম্বু ।
বারম্বদো নখোয়না—
মালেম ইমাগীদমক,
কাওনখ্রিনে ওসি ফাও ।

অথৌবা নখোয়না চিরবা মতমদা
শিন্থরম্বা মিংলুগী লাইঙ্জনা
তেকখংহল্লম্মীনে ইমাবু ।
ইমাগী শকতম উদনা—
চংখরেদো অথৌবা নখোয়দি ।
হায়রম্বদাই নখোয়না—
"ইমা লৈবাক্কী ঐখোয় পুম্বা
কংথোক্কদবনি পুন্সি" ॥

# নুংঙাইবা

নৈহংপিবদা থাংব রারবশা —
মীৎকপ থোকলে। !!
মলেম শিল থু'না হৌরো
চবা ফংদ্রবা বন্দিসা !
হৌগৎলো মলেমগী রার
তোন্নবশা-- ।
শেঞ্জাও পাইবগী লৈঙাক
মীওং থিবা মিওং মিনৈ
মীহাৎ থিবা হিংচবা,
মীবু মীনা ওৎপা,
লৌ শিনমীগী চংজফম লৈতবা
শেনজাও পাইবগী লৈঙাকসে
অনৌবা কুমওন ওনবা অমদা
মান্নবা খুন্নাই ওনথোকসি !!
**National Democratic Revolution,**
**People Democratic Revolution**
**Socialism Democratic Revolution**
**Communism Democratie Revolution**
**Humanism.**
ঐখোই পুন্না চংশিন্দুনা
মীওইবা কাংলুপ শেম্ন'সি,
মন্নবা খুন্নাই ফংগনী
খেন্নদবা মলেম শেমল'স

নং ঐ অমংত'ন

খিগনি ঐদি কংত্রি'ফাওবা
অচুম্বা পম্বুং কংত্রি'ফাওবা ॥

জেল খানা,
নবেম্বর ৯, '৮০ ইং

---

## চংমিন্নসি

অথোবশা ! নথোয় চৎলবরা
ঐথোয় ময়াম্দু থাদোক্লম্লগা
অথোবা ময়ামগা লোইননা ।
কাওরবরা ? অথোবা নথোয়বু
ঐথোয় খ্বায় ময়াম্দু ।
ৱারম্বদো নথোয়না—
মালেম ইমাগীদমক,
কাওনত্রিনে ্ভসি ফাও ।

অথোবা নথোয়না চিরবা মতমদা
শিম্বরম্বা মিৎলুগী লাইজনা
তেকথৎহল্লম্মীনে ইমাবু ।
ইমাগী শক্তম উদনা—
চৎখরেদো অথোবা নথোয়দি ।
হায়রম্বদাই নথোয়না—
"ইমা লৈবাকী ঐথোয় পুম্বা
কংথোকদবনি পুন্সি" ॥

অহুগা —

অথোবা নখোয়দি করিগী তুম্লিবা
হৌগংলক্লরোইদ্রা অমুক,
তুমহুনা নৈরগদরা অহুমক ?
থৌনা ফবা নখোয়দি
নৈগী দোলাই তোংহুনা
চৎখ্রেদো নোক্রা নোক্রা !!

ঐখোয়দি ঙসি খাংঙমদনা
অথোইবা নখোয়গী মরিনা
শিন্নবা লেপখ্রি মিংকী পি
হাইরম্মুকে অথৌবশা !
নখোয়না ঐখোয় ময়াম্নুম্ম

লিরকথিগনি নোংমদি —
মুৎনাইদ্রবা নখোয়গী খোঙ্গুন।
মতমহুদা —
চৎমিংশিকো অমুক হন্না
খুৎশমনহুনা নখোয় ঐখোয় ।।

---

## পম্বুং

চংলি পুন্সি লম্বী
অমম অঙান থাইদনা
অঙানবা অহুবু য়েৌনবা
লৈরমগনী মফমহুদা অনেম
অবাং থাইদবা,
করম্নবু চংসিগে মফমহুবু য়েৌনবা
মাংদস্লু থৌরবা তিংথং
তুংদস্লু ওয়্রবা লোকচাও
য়েৌদবদি য়াদে পুন্সি খোংচংকী
পম্বুং— !!

করম্বা উপাইনা লৌথোকনী
অচুম্বা পুন্সি লম্বীদা
অপনবা পিরীবা মখোইহুং;
লেপ্পদি য়াদে পম্বুং
অহু য়েৌনবা—!!

লাওরকলি মীয়াম্না হিংচাবনী চংলুম্ল-!
ইপাই থিগনলবা মীয়াম্না
পুন্সি লম্বীবু য়েংলগা
কপলি, নোকলি ।
থংহনলম্মী পুন্সি লম্বী,
চংপগী অর্থ—
থংলবা তুংদা চাবা ফংত্রবা
মখোইনা মুংশি ইরিক থিকপিরকই !

চৎখিনী অনেম অৱাং
খাইদবা মফম অতু য়োনবা
মীয়ামগী পুন্সি লম্বী ।

অনেম অৱাং খাইদবা

পি শিন্থদবা মফমতু
য়োনবা চৎলিবা অতুদা
মীয়ামগী বিজ্ঞারী গাম্ভীরবদি
পুন্সি লম্বী চৎপগী পন্থং
য়েৎরে খনজগে ।'
চাদবনা অরাম খোঁরাংলবা
পুন্সি লম্বীগী খোঁনাংদা লাওকই
অমুকদি খোজগে পুন্সি
লম্বীগী পন্থুং পন্থুং ।।

---

## "ঐস্তু চৎকনি লম্বীতুদা"

মংলানী মীওইবা, চৎলিবনি অশালক্ত
তাংকক খরা মীনোকহল্লী তাংকক খরঃ
চৎলিবনি মীওইবা 'কাইনায়ক্রবা'
লমবেন্নী পুরিবা, ময়া মরিৎচিকা
পুন্সি ঈচেল তাওথরী, চেন্থরী
নারকী লমবেন্নী। তশেংবা (ঐগী)
মুংগাইরক চৎকদবা ইখোংশিন্না
লাম্বা তাই পাৎ তুরেল চিংলোন
কয়া কয়া ?

য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা
সুপ্নাতগী মা মাহুনা !
লোইনাইজ্রবা মফমছুদা কজরবা
অশংবা লমহাং, য়াংলবা চীংদোল
লোয়নাইজ্রবা অতিয়া !!

---

## ঐখোইস্থু মীওইবনী

ঐখোইস্থু মীওইবনী
নখোইস্থু মীনি
চাওথৎলবা মতমসিদা
মীনা মীবু ওৎলবা—
ঐখোয়স্থু থম্মোই পানলি
মীবু মীনা ওৎকনু- ।।
ঐখোয়স্থু নখোয়গুম্বনী
থেৎনবা লৈত্রবা মালেমসিদা
ঐখোইবু মীনাই য়োৎহিল্লং থাংলিবা
হুং ! থেৎনবা লৈত্রবা মালেমসিদ ।
মীবু মীনা ওৎলবা
জাত বীজাত থাইরবা
ঐখোয়স্থু মীওইবনী
মীবু মীনা ওৎকনু—।।

নীংতম্বা পাম্বা নখোয়না
পিকলবা পোন্দা য়োৎহিলং
থাং—

মীনাই নাইথাং শা ঘনগুম,
পিক্লবা পোন্দা থমলিবা-
ঐখোয়স্থু নখোয়গুম নিংতম্বা
পামই —
থাদোকউ পোন্দগী নখোয়গুম্না
নিংতম্না—॥

নিও কোলোনিজম, কেপিটেলিজম,
শেনজাও পাইবগী লৈভাক
অঙম অঙম চান্নবা
অকনবনা অচুম্বা শকপা
থোকলো হিংমিনরসি
অমংতা ওইবা লিপুন্দা
ঐখোইস্থু মীনি

থাদোকউ নখোইগুম্না নিংতম্না
ঐখোয়স্থু মীওইবনি ॥

---

## "খোমলেন মীকপ থোকলো"

ইপাম থাম্বী মৈহোরে
মৈতৈ কংলা মৈরাইরে মৈরাইরে
পারোল পুরোল কয়ানা
চারোল স্থরোল কয়াগী
বাংভা লনগৈ থনম্বা

নোংমা নোংমগী মম্বেং তারকলে
পারী ইমোম চরী থাপলকলে
(মীকপ মীরাও তারকলে
মাইকৈ খুদিং নিল্লকলে) ১

(চাক্কী লালাও লাওরকলে
চক্লাম ইপোম হৌরকলে) ২

ইপাম থাম্বী মৈহৌরে
মৈতৈ কংলা মৈবাইরে
লোইলম ঙাকপা লানমীনা
নোংমৈ গুলি য়েনলকলে
তাখিবা নোংমৈগী খোজেন্না
মীকপা মীরাও খোনখরে খোনখ ব
থবাই মীরেন পুখরে
ইপাম থাম্বী মৈহৌরে—(২)

চেনখিবা অঙাংবা ঈফুংনা
শঙ্গিন মথৌ চামখিবা
থবাক লোংনা য়াহুনা
নোংমৈ গুলি ঙাকখিবা ২
লোইলম ঙাকপা লানমিনা
খোংনেৎ খোংগা ওনখিবা,
কাওরবরা পারি ইমোম নখোইবু ২

ইপা পাথং ইপু পাথং
(নিংশিংলি) ২
ঈগী ইরম থিহুনা
মুপা থৌদাং লৌরসি।
চায়না পুংদা লেপলসি।

য়েকনা লানবা পারসী —।
চাংভা পাদা পুৈবেদা
নোংতম খুাই (য়োকলসি) ২

---

## “সুম চারবা জাতিগী য়ূম্বী”

তিংখং পানবা পাম্বীদা
পাল্লি উৈহ কয় মা।
মহাও থলবা মতুংদ
হেক্কে খনলুই হৈহুমা
তিংখং পানবা হৈপালদো
তিংখংনা কুয়োম্মি কাওকরে
করি পাম্বৈনা হেকসিবা
চানিংবনদি খোইরাংলে

খোং থাংজিনলুই মহেক্কে
মথিল্লকই হেক তিংখংনা
চাদি চানিং হেকওমখিদ্রবা মখোয়না—
লাওরকই তিংখং পানবনি
চংলুম্নু তিংখং য়ুগনি
উরী মীৎতা হৈরাংসিংদো
অঙাংবা, অশংবা শংমুন্নবা
মহাও খংলবা কনানা
চারি উপাই খিহুনা;
তিংখং পানলি খংই

য়ুগনী হাইবস্থু থংই
হাওগনি হায়বস্থু তারে
করম্বা উপাইনা চাগনি ।।

হৈপাল খোঙ্গুল লিরিবা
ঙাইখো নখোইস্থু চামিংগী
কৈ কিহ্নুনা চেনলগা
শওম ওকনৈ কিত্রা - ?
থেবনা নোংশাবু করম্না
ঙুহাদা থাদৈ নিংশিংত্রা ?
ঙাইখো চামিন্নখিসি
অঙ্গুর চাবা কংত্রগা
লমহুইগুম শিনলি হাইগদবা
মহাও থংবা ঐখোইদি
উপাই তৌহ্নুনা চাখিনি
হৈগী মহাও থংলবা
মীওইশিংদা হংলুসি,
করম্বা উপাইনা হেক্নী
ঙাইরমখো নখোইস্থু চামিন্নখিসি
হৈপালদো — ,
য়েনথোকমিন্নখিসি চাবা কংত্রবা
মীয়ামদা ।।

# চৎমিন্নসি

অথৌবশ নখোই চৎলবরা
ঐখোই ময়ামবু থাদোকলমলগা
অথৌবা ময়ামগা লোইন্না
কাওরবরা অথৌবা নখোইবু
ঐখোই খ্বাই ময়ামবু—
নখোয়ইনা মালেম ইমাগীদমক্তা
থারম্বহু কাওনফিনে—

অথৌবা নখোইনা চিরবা মতমদা
শিন্থরম্বা মিংলুগী লাইজনা
তেকথংহনলমইনে ইমাবু—
অথৌবা নখোইদি উদনা
চৎখরেদো ইমাগী শকতম—
হাইরম্বদাই নখোইনা ইমা
লৈবাক্তা ঐখোই পুম্বা
কংথোকদবনী ।।
অহুগা—

অথৌবা নখোইদি করীগী ভুমলি
হৌগৎলকলরোইদ্রা অহুমক ভুমলবরা
থৌনা ফবা নখোইদি লৈগী
দোলাই তোংহুনা নোক্না নোক্না
চৎখরেদো ।।

ঐখোইদি ওসি থাংওমদনা
অথৌবা নখোইগী মৈরীনা
মিৎক ুপি শিন্নবা লেপত্রি.

ঙাইরম্মুকো অ'ৌবশা নখোইনা
ঐখোই মীয়ামবুস্থু—
লিরকথিনি নোংমা নখোইগী
খোংগুন
মতমত্তুদা অমুক চৎমিনসি
নখোই ঐখোই খুংগমনত্নুনা—।।

## মচু ৭

পাইরী মচু তারেতকী ফিরাল
নোংমদল' খেৎনা হাই হুমনা,
শকলি নিংতম ঈশৈ
ইমা লৈবাক মীয়ামগী -
নিংসিংলি মীকুপ খুদিং জাতিগী
অখোবা পুম্বা
শোললি লাইশোল ওইনা
মীংলেন অতুতবু -
শাম্নরী বারীনরী খোনাসিংতবু - ।।
তমখিরবা বৃত্তিস নোংশা
মীহাৎ থিরবা অৱা হিংচাবা
মফমসিদগী শকমাই লৈখিবনী
নিকনখিবনী মালেম পুম্বা
মচু তরেতকী অপুনবা খোনাম্নু -
পাইখিবনি মতমত্তুদা নিংতম্মা
নিংতম ফিরান অসে -

ওইররে ওসিদি পিরা·তগী
মপোক '।
থরান ৭ কুম ভানলম্বা—
কংলৈপাক্কী মাইচৌ ৭
মুংনাইররোইদবা মীংলেননি !!
ঐগী ইপা অপোকপা
ইপা কৌ তমলমত্রে—
মাগী মপা ফজবদা ইপা
কৌবা তম্বীরম্বা—!!

ইমাগী খোঙ্গুল লিরকলে
পনথোনা থনম্বা হৈবং
হেক্কে থৌরাংলকলে
মাংলুরবা শনাগী পুযা
খুৎপাই ওইনা পাইররে—!!

মখৌ পোংনা খোংলম্বা
মীয়ান ক্বাক শকথিবা—
ক্বাক ক্বাক করী ক্বাবনো ?
মীয়ান ক্বাকনী—
চাক চাখোম অমা চাগে
চাফদে—!
সোমদা চংকে চংফদে, !!
নোম নোম শগাইতোং
চানবা লৈতে তখেনথাং।
হৌনা হৌনা লাওরুকলে
থৌনা ফরবা মচু তরেতকী
মিংলেন মালেম থুংনা
থংলসনু মতাওম—!।

অপুনবা ৭ কী থৌনা
ফজবা লিচৎ উরগা
খুদাং পিফম নাইবীদো
শরুত ওাইরব হুকচাংনা
মোমোন নোকপা নীনোক্লা
কম্নাগী মতিক হন্নাওজবা —
মচাসিংগী অপুনবা লিংজেন
অমৎতা ওইবা খোজেন
হেৎনবা কনবা থৌনা
মালেম্না মতৌ তমজবা
ওইহৌসন্নু— !
কুইনা পাইবা ওইসন্নু মচু
৭ না নিংতম্না—!!

---

## "তমজসন্নু"

হৌথরে মতম—
চৎথরে অমম্বা—
লাকলে মঙাল—
হাপ্পীরে থৌনা--
পোকলরে অথৌবা কম্না
ইরৈবাক ইরমদমগী কৎথোকলিবা
কময়েদ ইরাবতকুম্বা —
লাওরি য়েক্লা মাংদা .
শান্নি থাংগী জগোই

িক্করি মালেম পুম্বা—
অচুম্বা লোংজং উবদা
চংখরে অম্মবা—
লাকলে মঙাল
হৌগংলসি ঐখোই পুম্বা
পাইখংলসি পোংপু লাঙ্গোল
লাওরসি অর তি তি
থাঙ্গংলসি শমপোং শাজৈ বাংনা
বাংনা -
অমংতা ওইবা খোল্লাওনা ॥
পৈখংলসি পুকৈ
থারসি নিংতম পাম্বী
ককথংলসি মীনাই য়োংহ্লিং
পুশংলমসি মাম্নবা খুন্নাইদা
হনহল্লগ্নসি লোইলম কাংবু -
তমজসন্নু মখোইস্নু -
লাওরুসন্নু মাম্নবা খোল্লাও ঐখোইগুম !!

---

## "মৈত্রবাক"

লৈশেম্বানা, নিংথৌ ওইনা পানখি লম
য়ীতু তরেংনা থৌগল তৌবা লম
চীং তম্না ঙানথোয়বা লম
কৌব্রু, থাংজিং, মারজিং—
চীংলোন কয়া কোয়শিনবা লম

ঈরিল, ইম্ফাল, নিংলি, বারাক
ইরোঙ্গুংদা অচুম্বা অশেংবত্তা চেন্না লম ।
অরোং মোয়থাপ মাইরম্বা লম
কীরোন অমনা খুদাপ ফাবা ফি
লোক্তাক ঈপাক্তা ঙানথোয়বা লম
ককচেং ফৌ, ফৌরেল, মোয়রাংফৌ
ইশং শংলবা তমপাক লম;
হুরেল লাংলোং, কাং, শগোনকাংজৈ
অচুম্বাগীদমক শেমখিবা লম;
মাইচৌ কয়া পোকলম্বা লম
তুংলমচংপু তাকলম্বা লম
অচুম্বা, অশেংবত্ত চংনারম্বা লম ।
লাইনা থাবা লম
মীনা পাম্বা লম,
চরোয়না ভেতু খোংবা লম
কাক্লা লমথাও চেন্না লম,
সনানা মপুং চেন্না লম
লুপানা মফেল ওইবা লম;
শিরোই লিলি, উরৈ, শাঙাই
লংনা নিংথিরবা চৌং
মুপ্পা শংলবা মালেমথকশিদা
মতম কৌবী লাইরেম্বী
ওল্লা থোয়না শানাজবা
শেংলবা মৈত্রবাক লম ।

## "মি"

ঐনা কপ্লী মাস্থ কপই;
ঐনা চংলী মাস্থ চংলী
ঐনা লেপ্নী মাস্থ লেপ্নী
ঐনা থবাই মুংভাইভরে
কুচু তাইফেত ভানা মাস্থ
ঐগীদমক্কা খনবীরিব মহাকসে
বারমলগনী ।।
নং ঐ নৈত্রবদা সংসার
নৈত্রে,
নং ঐগী সংসারনি
ঐনা বংবা উরগা বাবিবা
মুংভাইবা উরগা নংকচবা
অরা মুংভাই মংবীবা
নং কপ্ল কনানো ?
নহাক ম্রাওত্রবদা নৈভমদে
নং ম্রাওত্রবা পুস্তিনা
কমক্লা তিনগনী মীম্রামলক্কা — ।
ঐসে নহাকীনি--
নহাক্লা ঐগী থবাইনি—
হুকচাংনি ইশ্বরনি মরুপনি ।।
ঐনা নোকলগা, নোকচবা
কপলগা কপ্লীবা.
নহাক ঐগী মিনি মি,
থাদোকনমোইসিকো নং, ঐ
নহাক চংথিমুকো ঐবু থাদোকতুনা

অব্রাবা কোঙ্গাই য়ামি·খিসী
ইমা লৈবাক ইরমদমগী,
নং লৈত্রবদি সংসার ·লৈত্রে
চৎমিন্নসি খেৎনদবা মফমহুদা —
লাকউ নহাকম্মু শোনলি মালি
হংলুসি খেৎনদবা মফমহুদা —
নং ঐ খেৎনবগী অর্থ ??
চৎখিন্নুকো নং ঐবু থাদোকতুনা
নং লৈত্রবদা সংসার লৈত্রে
নংনা ঐগী মকুপনি মালেমসিদা
নহাক্কী ইশ্বরনি থবাইনি
নহাক্কী মিং মি মি ।।

---

## "তিংগোং-কাংগোং"

নিয়োম্মী 'তাইবংপান'
শেল্লীবনি মীওইপোক
মাংখরে, মুৎখরে
লৈতরেনে সিদ-নাদম্মাই ।
কাইখিদোরে মালেমশে !!
মমখিদোরেনে তাইবংপান.
অঙুপ্পানি অশেংবা
পুরিবনি পুম্নামক
খল্লিবনি খলফদা
চৎলবনি চৎফাদা

নিয়োম্নী নত্রবা ।

ফংদ্রবা । উদ্রবা ' তাদ্রবা ।

শেমলবা, লাম্বারা চুম্বারা ?

অশোয়ববু অমুক শেমদোক

ভবাম্ব বু অমুক শেমাজিন,

অচুম্বাস্থ য়া‘দা

অরাম্বাস্থ উদা

য়েং'লবা মিংয়েং

চংনারীবা নিয়োম;

ফংত্রবা, লাল্লাবা, শেংত্রবা

ইল্লিবনি পুন্নামক

তাল্লিবনি পম্বংফম

খমলে, লোয়্নে, তাকলে,

ওম্বাদায়নে 'অওম্বা'

লৈবদায়নে অশেংবা

ফজবা, অচুম্বা ... !

আ । তিংগোং-কাংগোং

খুম্ব'দায়নে, ওম্বাদায়নে; ইম্বাদায়নে

খা—'বাং, নোংপোক নোংচুপ

মথক মথা !

---

## “ভোট”

লাওরী খোংলি কপলি
পায়রী খোংদ চিরোনগী
মনত্র কামল কামলাহুনা
অপংবা প্রজাবু শুমহংলি
অঙকপনি মতমগী এম. এল, এ,
শিন্থখি পি মরম লৈলনা
চিরোনগী পি, ভোটকী পি
শিন্থখী লৌমি শিনমি
লাইরবগী খোঙদা –!!
মুংসবী চানবীয়; শিন্থখিবা
পি, ঙসিদি ওইবরে ঈ চুপ্পা –!
মীয়ামগী সেবা, জাতিগী
চাউথং খোঙথাং –
ডিমোক্রেসি, সোসিয়েলিজম, আইদোলোজি,
ঙাকপা, অসেংবা করপসন ওইররে –
আইদোলোজি পানদমদি মফজরী
পায়রীবা থাংমু মথোই;
মশক্তা ফজবা হৈবোং,
মনমনা য়ানবা থাং,
অঙকপনি কানগী লাইরিক
হৈবা মীয়ামগী সেবারী –!!
মীয়ামনা খনখিবা মীহুত
মীয়ামগী খোল্লাও তাবীদবা
প্রজা হাৎপা এম, এল, এ,
হংঙোই ফমথোন কারীবা

ঈগী লিক্লি পাইরিবাও
শেংগাও লিশিং পানবাও
কোক তাংবম্‌খ খনলিবা
কনাগী থক হাপসিগে
ইনাক বেরাক খুনবগী,
খুদোনবীদা চৎপা ইবুংঙো
খোংবান চোংবা হেত্রবদি
ইরাক্লহনা তোকনকো !!
লাই কিদে শা কিদে
ঈ চুপ্পা কাকফেনা মকিজরে,
চেং তাংবগী অন্দলোন
সরকার কাইবগী খোল্লাও
নিংতম ঈহাগী হখেং
নোংমৈ গুলিগী মখোলতনা
কংলৈপাকসে পুমনিল নিলবলা
সরকারগী ফজবা খোংথাংনা ।।

ইকোনোমিক. পোলিতিকস; কলচর
ওপজেকটিপ ফেকতর সপজেকতিপ
ফেকতর. মাললমচৎকী হিসতরী
পেন্দবা কয়া. লৈরোল মংগী ঈচেল.
লাইরবগী চংজফম লেরক্কবা
অঙাঙ অঙাঙ চাওনরকপনা—
চেললকপনি ঈগী তুরেল
চুরকপানি ঈগী নোং
মুংহন্নবা ইরাং—
হৌরকপনি ঈহৌ—-
কিজৈ কিজৈ ভোটকী অর্থ

থংদবা এম, এল, এ,
ঈহৌগী ঈরিক্তনা মালেমসে
অঙাংবা মালেম ওইহৌরসনু।

---

## "কোম মচা"

কোম মচাহুনি, কোম মচা
পিক্তক ত্তৌবা !
লাওরক্লী 'লিবর্টি' লাওরক্লী
ঙা মচাশিং অহুননি
ঙা মচা ... !
নৈথায়বিরবা ঈশিংলক্তগীনি,
ঈশিংলক্তগী ....... ?
মকোক ঙাওরবা, অকনবনা য়োংশিনদোরবা
ঙা মচানি ———
'মচা !
অশেংবনি অচুম্বাগীদমক
——– মচানি ?
কোম মচাহুনি, কোম মচা;
কোম মচা !!

---

## ৫' অঙকপা"

থম্মীরে ঐবু ৱাং চাওরবা
হুংঙাইবগী তুংনফম অহুদা
পুবিরে অমুকস্থু শুকনা মমলবা
খুরবা কান্নুংহুদা -
থাংবীরে অমুকস্থু খোংদা য়োংহিলং
শিবিরে খুৎতস্থু লেংঙমত্রবা খুজি—
ঐ ঙকই পুংঙক ঙকই - ।।

য়েংখি য়েংখিবা খুদিংদা
মীৎফম হোংবা ঙমদে—
লৈরমঙ্গ মফমহুদা মীৱা ঙাংবা শা
ঙকই পুংঙক ঙকই
মীৱা ঙাংবা শা। -
ঙংলকই মথোয়শিংহুনা হে ।
মুপা করিগী কপলিবা - ।।

অচুম্বা লৈত্রবা মালেমসিদা
নখুৎতা খুৎলাই পাইহুনা
মীয়ামগী জগোই শারিবা —
অচুম্বাগী খুৎথেক থেকলিবা —
ঐখোই লৈ কাওত্রা — ।।
ঐ ঙকই পুংঙক ঙকই
মফমহুগী মীৱা ঙাংবা শাশিংদো।
মীৎ অসি লাওথোকনা য়েংলুবগা
ইথস্তা শোনজরুই —
মালেমদা অচুম্বা লৈত্রবা
মীয়ামগী সরকার —

কুসী রাসিগী লৈঙাক্ —
ঐ ঙকই পুংঙক হেক ঙকই
মালেমদা অচুম্বা চৎপা য়াঙ্বা
অঙম অঙম চানরবা
ঐ ঙকই পুংঙক ঙকই
মীবা ঙাংবা শাশিংদো — ।।

---

## "নিংতম পাম্বী"

হৌগৎলো হৌগৎলো অথোবশা !
জাৎ-বিজাৎ থায়গুম্মসি,
লৌমি শিন্মী নায়গুমসি;
কাখৎসিনে অৱাংবা চীংজাও
থাসিনে নিংতম পাম্বী
ইমাগী ফিজেৎ হোংনবা,
থাঙ্গৎলমসি লৌমি শিন্মী
অমত্তা ওইবা লিপুম্মা
নিলহল্লমসি মালেমপুম্বা
অমত্তা ওইবা খোল্লাওনা ।।
খুৎন্নু থাঙ্গোল ময়া খোনা,
নিংতম পাম্বী থারুসি,
মহৈ মরোং অচুম্বা —
মালেম থুংনা য়েল্লসি
তংহনসি মহাও অচুত্তং,
নৈহং পিগ্রবা জাতীশিংদা

লাওরকসন্ন মখোয়স্থু—
মীওং মৈশা লাংবগী খোল্লাও,
থারকসন্ন ঐখোয়গুম--
'নিংতম পাখী' ।।

ইম্ফাল জেল.

---

## "সিদ-হিদাক"

সিদ-হিদাক
সিদ-নাদয়াই
সিদ-হিদাক্কি, সিদ-হিদাক
মরুভূমিগী ময়াইমক্তদা
মরুভূমিগী !
মীওইবনা ফংবদা বায়বা,
মফমন্থদা হৌরিবা ?
নত্তে, লৈহাও চেল্লাবা মফম
স্থপাতগী ময়াইমক্তদা, শারবা
মরুভূমিগী মৈওল্লাবা চুংশিং
শিংচিল্ল ! হুমজিল্ল !
চোংলকনবা 'অনৌবা ময়োন'
শোম্ম মখোং
লৈঙোই নোংলৈ অকম্বা;
হুগী নোং চুথো কয়া
শাংকায়রকনবা লৈনানা !

মপান্নী ময়ামরিচিকা নিংথিরবা;
সিদ-হিদাক
সিদ-হিদাক্নী, সিদ-হিদাক।

---

ঈ

মীথীবোংনি মীতমবান্নী
পাংদবনি শাশিন্নবনী—
ইকাই খংদবা হৌদোংনি
হৌদোং।
চিনবান্দা লাংবনগী খোইহি
অপংবা প্রজাদা তাংক
বাহৈ বাভা — — —
চেক্নী য়ুম কায়, জিপ
থিকা-তুত-দা
অহুনি অদানি; পৈশা পৈশা —
খোংখাং অনি — মাংদা
মরিনা তুংদা— — ।
মীয়ামগী সেবারীনী সেবা,
অচুম্বগী অওনবগী,
ঈহৌনি মান্নবা খুন্নাইগী
ঈ কনাগী ঈ !।

---

## “কনাগী মরানে।”

ইমা নংদি ওক্তাবিনি
লমচৎ নাইদবীনী নহাক্তি
মুঙগী থম্মোই চেনবী
মীমুংশি চেন্দবীনি নহাক্তি
নশাগী ওইজবা থরন।
নচাশংগী ওন্দবী ওমথীবগী
ইমা নংদি লমহেনাবনী —।।

বাক্তা পুক্কে উরুরগা
খাংকী লেৈনম চিরোন্দুদ
অতোনবী ওইথিবি ঙাওহুনা
যিজেং ফিগাহ শেংতুনা
নকোকনরু ইফা-ফা
মীখা পোম্মা খাংলিবা
ওক্তাব ইমানি — !!

ইমা নংগীদমক্তা
কংলৈ চমুরা কমা কম্মান।
১৯৩৯ দা হৌথিবা ঈহৌ
লাওথিবা খোম্লাও
ইমা নংগীনিনে — = — !!
মতমমতুদা লোইলম ঙাকপ
লান্মীশিংগী তমথিরবা নোংমে
গুলি —.
তমথিরবা পাপ চেনলবা
বুট মরক্তুদা —

শিন্থিবা ঈশ্বরক কয়ানদা
কন গীনো — ??

নত্তে ! নত্তে ! নত্তে !
ঐনা ওইগে ওইববা
ওইহনবনি ইমাবু নখোইনা
চনহন্নবনি ওক্তবী শিংদা,
মতমতু নিংশিংউ তত্তনা,
ইমাদি ইচাশিংগী খনবদা
উপাইদি লৈতা পিগী
ঈশ্বরক কয়ানা
হকচাং পুম্বা চোংখিবিনী ।

নখোইগী অয়াবা মথাদা
ইমাবু মীথা পোনহনবা
থন্থবা ওমদ্রবা নখোইনা
ইমাবু ওক্তা শিংদা চনহনবা
খংলেদনা হৌজিক্তি খোমলেন
মীকপলে —

ইচাশিংনা পাঙ্গল চাউরগা
থম্বারো ইমাবু নিংতম্বা ।।

খুত্তা চনলিবা য়েক্নবগী
য়োল্লিং
খোংদা থাংলিবা ঝিনক্নুর
লৌথোকলগনি খনবদা নোকলি
ভসিস্নু = !।

ইমাদি ঙক্রুবী নংগে
ঙখোইনী পাংদবা,
ইকাইবা থংদবা
নিংতম্ববু মাংহনবিবা !!

---

"বাকং"

চাক তাংবগী লান
মী লাপকী ঈহৌ
মনিপুর বন্দগী বাকং
মীয়ামগী মাথল
কনাদা বাকং !!

নহাবোলগী; ঈহৌ
ঈমা ইবেনগী মৈরা
নিংতম্বগী ঈ---- !!
মীয়ামগী মীহুৎ
লাফসারগী সষ্ট্রাইক
লেঙাক লাল্মীগী নোংমৈ
মীয়ামগী বাকং
নোংমৈ গুলিগী পাউথুম--- !!

লালৈগী মীকপ মীরাওখোল
Forein Lioure গী Permission
কাংলুপকী লাল, -- !!

করিগী? বনা? বৈদোবগী?
ফুরিৎখাওচোনবা নাপংবা
কনাদা কয়ীগী হাকৎ———॥

## কংলৈ চনু

নুপী নুপা অমত্তনি
নুপীনা খোঙ্গ্রাও শেৎলবস্থু
শম তেল্লা ককলবস্থু
য়ু গল্লা শিঞ্জিন্নবস্থু
ঐখোয়স্থু নুপী নি—॥

ফিজেৎ ফিগাই শেৎকনি
হুকচাং তথায় উংকন
অঙাওবা পাখংবু যাগনি;
চাওখৎলবা জাতি কয়া
নুপীনা Reeket খোঊরবস্থু
নুপাগুম্না শান্নবা ওমথ্রবস্থু
Scientice কয়া ওইথ্রবস্থু
ঐখোয়স্থু কংলৈ চনুনি-!!
থাথিনি মাইদা পাউদর
দৈথিনি, মিত্তা চিনদা
অশং, অঙাং কয়া
চৎথিনি শরক লমজাওদা
Hindi Film গী eroin ওম—!

অহৈঙ থোনা ফরবা
কংলৈ চহু কয়া
ইরৈবাক ইজাতিগী, থবাইনা
পোম্বা ওইগ্রবস্তু
য়েরুবা কয়াগী মাংদা
ঈগী ইরিক শিন্থখিবা
অশেংবা কংলৈ ইমা,
ঙাক্তনি— — !
থোনা ফবা মখোইহুগী
মচানি, মস্তুনি তোগেদা
ঙমলবা— — —!!
লৈশাবীনা পুক কংলথস্তু
চাউথংলবা মতমসিদা—।
করিগী বাকনি—॥
ঐখোয়স্থ কংলৈ চচুনী
মুপী মুপা Right
ম্যাররবী— — —;!

---

লোইরবা

There is one, only one kind of real internationalism, and that is-working whole heartedly for the development of the revolutionary movement and revolutionary strug gle in one's own Country, and supporting (by propaganda, sympathy and material aid) this struggle, this and only this, line, in every country without Exception". 1.

1. Lenin call works vol. 24. p 75.

* * *

Thou shalt not be negligent of Social Welfare

Thou shalt not be negligent of duty to the Nation

Thou shalt not be negligent of truth"

* * *

Man is born free, yet Everywhere in chain ? why ?

( Russo )